# কিপ্পৗং

হাওবম বাবু সিংহ, বি কম ।

ফংফম : ষ্টুদেণ্টস বুক ষ্টোর

পাওনা বাজার, ইম্ফাল ।

---

পুন্নমক অইবগীনি ]                                        মমল লু: ১২

# হাইজবা

ঐগী "অরাম্বরবা বুক কিপীং" হায়বা লাইব্রিক অসি বুক কিপীং তমলিবা ছাত্রশিং, লম্নোন ইতিক তৌরিবা কাংবুশিং অমদি সোসাইটি কয়াগী চংগ্রবা য়াগ্রবা হিসাবকী মরমদা মতেং ওইনবা খুংলোয়বা মওংদা ইজবনি। মসিদা মরু ওইবা হিসাবকী নিয়ম কয়া নিংথিমা য়াওরি অমসুং মীপুম খুদিংনা শিজিন্নবদা য়াম্না কাম্নগনি হায়না নিংজে। মসিদা বাৎহৌবা অমসুং বানানবচিংবা লানবা য়াওরবসু নখংগী নম্বদা হাপচিনজগনি অমসুং চুমথোকচগনি।

অইবা—

# ৱাহৈ থৱদং

মৈথিত্ৰবা ঐগী ইপুৰোইবনা ইৱমবা " অৱাযবা বুক কি-ষ্মী ;" হায়বা লাইৱীক অসি মহৈৰোইশিং অমদি সবশেক অসিদা খোংদাৱিবশিংনা পাম্নৰকপদগী ঐহাক্না অনিৱক মবা খুংনম ওইনা পুথোকচবনি ।

অনিৱক মবা খুংনম অসি য়াৱিবা মখৈ শোয়দনবা হোংনজবনি অদুবু অশোয়বা য়াওৱবদি ভাকপিবগা লোয়ননা মথংগী খুংনমদা চুমথোকচনবা লমজিং-লমতাক পিবিৱক্নবা পাবিৱিবশিংদা হঙ্গৎচৰি ।

ফোংডৱিবি—

তাং ১৫ | ৫ | ৮৫ ইং

হাওবম সনাহনবী

থাঙ্গপাৎ মপাল

# হিরম লমায়

হুকান অমা নত্রগা Co-operative Society অমা হৌদোকপদা চংদবা য়াদ্রবা অনম্বা ফোর্মশিংগী নমুনাশিং।

# অরায়বা বুক কিপ্পীং

## অহানবা পন্দুপ

লল্লোনবা মী অমনা মহাক্কী কারবার চৎথবদা মখল মখা অয়াম্বা মীগা শেল লৌথোক লৌশিন, পোৎ য়োম্থোক য়োনশিন তৌবগীমরি লৈনৈ। মহাক্না পোৎ লৈরুবগী শেল পিথোকখিবা নত্রগা পোৎ য়োনখিবগী শেল ফংলকপা পুম্নমক্কী হিসাব শেংনা অমম্নুং অরায়বা মওংদা খংনবগী উপায়দি হিসাব নিংথিজনা থুবনি। মশমচানা, মকম চানা, মথংমনাও নাইনা হিসাব বইদা ইশিলহৌরবদি মতুংদা লল্লোমবগী মরমদা তোংবা মাংবগী মাফম লাইনা পুথোকপা ঙমই। লল্লোনবগী থবক্তা হিসাব চুমনা থমজ্রবদি মতুংদা অকায়রা য়াম্না লাকই।

বুক কিপ্পীং—লল্লোনবগী হিসাবশিং মথং মনাও হিসাব বইদা ইশিন্দুনা থম্বগী অচুম্বা মওংবু বুক কিপ্পীং (Book keeping) কৌই।

The process of correctly recording in the books of accounts, all transactions in money or money worth is called Book Keeping.

বুক কিপ্পীং হায়বসি শমনা হায়রবদা লল্লোনবগী হিসাবশিংবু Scientific System দা ইশিনবা মওংনি। মসি নিংথিজনা

থমলবদি মখাগী হিরমশিং অসি লাইনা খংবা ঙমই।

(ক) করিগুম্বা মতম খরগী মন্নুংগী লল্লোনবগী মাংবা তোংবা পুথোকপা ঙমই।

(খ) লেংদবা রেকোর্ড থমদুনা তুংদা লল্লোনবগী মতাংদা খংনিংবা রাখম লইনা খংই।

(গ) চপ চাবা শেল থুমগী ফিবম ( financial position ) লেপতুনা মাল-চাং অমসুং মীগী তোনশিনবা শেল অমসুং পিথোকফম থোকপা শেল পুন্নমক লেপ্পা ঙমই।

**Business Transaction ?**

'Business Transactions mean dealings between persons involving exchange of Value.

পোৎ লৈবা অমসুং য়োনবা ; শেল ম'বা অম , শেল পিথোকখিবা পুন্নমক ট্রানজেকশন হায়না খংনৈ।

**Double Entry**

হিসাব বইদা লল্লোনবগী হিসাব চুন্না শুগায়না ইবা তারবদি কাংবু ( Party ) অনি চংই। ট্রানজেকশন খুদিংগী মাইকৈ অনিগী মওং লৈগনি হায়বদি মাইকৈ অমনা কাম্নবা ফংবা অহুগা অতোপ্পা মাইকৈ অমনা কাম্নবা পিরকপা অসিনি। শমনা হায়রবদা পিথোকপা য়াওদনা অফংবা লৈবা হৌনদে। থুদম ওইনা কুমারনা খম্বদা লুপা ১০০, পোৎ অমা লৈবগী পিখিবদা খম্বনা শেল ফংবা অহুগা কুমারনা পিথোকখিবগী রাকম লৈ। বুক কিপ্পীংদা কাম্নবা

ফংলিবা মাইকৈনা Debtor অদুগা কান্নবা পিথোকলিবা মাইকৈ-বুনা Creditor হায়না খংনৈ। ট্রানজেকশন খুদিংগী Debtor অমসুং Creditor লৈগদবনি। হিসাব শুবদা debit অমসুং Credit অনিমক ইরিবা হিসাবকী মওংবু বুক কিপ্পীংদা Double Entry System হায়না খংনৈ।

Double Entry গী নিয়ম শুদনা হিসাব বই থম্বগী মওংবু Single Entry হায়না খংনৈ। মসি হিসাব মপুং ফাদবা ওনা খংনিবা হিসাব শুগায়না অমসুং থুনমক পুথোকপা ঙমদবা মওংনি। করিগুম্বা হিসাব অমা পুথোকনবা লাক্লবদা মতম চংবা অমসুং অচুম্বা ফংদবনা লল্লোনবগী মওং তাকপা লুই।

## একাউণ্ট ( Accounts )

লল্লোনবগী ট্রানজেকশন পুমনমক মপুংফানা ইশিনবদা খুদোং চানবগীদমক কাংবু কাংবু নাইনা খাইদোকলগা তোঙানবা মমিং তমমম থোক্নি। তোঙানবা হিসাব খুদিংগী অপুনবা মওং খংনবা কাংবু খাইদোকপগী হিসাব মওংবু বুক কিপ্পীংদা একাউণ্ট ( Account ) হায়না খংনৈ।

### একাউণ্ট মথল অহুম শুই।

(a) Personal Account—মীগী একাউণ্ট

(b) Property or Real Accounts— পোৎকী একাউণ্ট

(c) Nominal Account—খরচ অমসুং আয়গী একাউণ্ট-নচিংবা।

মখাগী অসিগুম্না Account খাইদোকপা য়াই :—




**Personal Accounts** :—মীগা নত্রগা দুকানগা লৈনবা হিসাবকী একাউন্টশিং খুদম ময়ামগী একাউন্ট রাজ হোটেলগী একাউন্ট।

**Real Accounts** :—পোৎকী হিসাবকী একাউন্ট।

**Nominal Accounts** :—খরচ অমসুং আয়গী একাউন্ট তোংবা অমসুং মাংবগী একাউন্ট ভারা, তলব, শেন্দোই একাউন্টনচিংবা।

ঐখোইনা মথক্তা খংগ্রে মতুদি transaction খুদিংমক্তা Debit অমসুং credit লৈ। মরম অসিনা একাউন্ট খুদিংদা Debit অমসুং credit গী বাকম লাকই। একাউন্ট খেন্নবগুম debit অমসুং credit কী মওং খেন্নৈ।

| Account | Rule | Side |
| --- | --- | --- |
| 1. Personal A/c | Value received | Debtor |
| | Value paid | Creditor |
| 2. Real A/c | Value coming | Debtor |
| | Value going | Creditor |
| 3. Nominal A/c | All losses i.e. expenses | Debtor |
| | All gains i.e. incomes | Creditor |

**Double Entery System** গী কান্নবা

১। ট্রানজেকশন খুদিংগী মওং অনিগী হিসাব শুবা য়াই।

২। নুমিং খুদিংগী চৎথরিবা হিসাব মপুংফানা ইবনা খংনিংবা হিসাবকী মরমদা লাইনা খংবা ঙমই ।

৩। Trial Balance শাদুনা হিসাবকী অঙ্ক চুম্বা চুমদবা লাইনা ফাবা ঙমই।

৪। **Trading Account** শারগা grossprofit পুথোকপা ঙমই ।

৫। **Nominal Accounts** শিংদগী চৎখিবা খরচ অমসুং কংলকপা আয় পুমনমকী অপুনবা লৌখৎলগা তোংবা অমসুং মাংবা ( **profit or Loss Account** ) শাবা য়াই ।

৬। অরানবা হিসাব লাইনা ফাবা ঙমই ।

মখাগী খুদমশিং য়েংলগা একাউন্টশিংদা debit অমসুং credit তৌবগী মওং খংবা ঙমগনি।

(ক) রামদগী লুপা ১০০, গী পোৎ শেল থিরগা লৈরুবা।

মসি শেল পিরগা লৈরুবা মওংনি। মসিগা মরি লৈনবা একাউন্টদি কেশ একাউন্ট অমসুং goods account নি। পোৎ চংলকপা মরমনা goods a/cনা debit অতুগা শেল পিথোকখিবনা cash a/c না credit তৌগনি। মসিদা রামগী একাউন্ট থম্বগী কান্নবা লৈতে।

(খ) রামদগী লুপা ১০০, গী পোৎ শোৎলুবা

মসি credit purchase নি। মরি লৈনবা একাউন্ট অনিনি – মতুদি good a/c, রামগী একাউন্ট। Goods a/c হায়বসি Preperty account নি। চংলকপনা debit অমসুং চংথোকখিবনা Credit তৌগনি। রামগী একাউন্ট হায়বসি Personal a'c নি মরম অতুনা নিয়মগী মতুংইন্না Receiver বু debit অতুগা giver না credit থমগনি। মসিগী entry দি অসুম্না তৌগনি। "Goods a/c debtor to Ram a/c for Rs. 100/– মতম পুম্নমক্তা debit না হান্না পনগনি।

(গ) হরিদা লুপা ৫০, পিখিবা

মফম অসিদা শেল চংথোকখিবনি অতুগা হরিনা শেল ফংখিবনি। হরিনা অফংবা ওইবনা debit থমগনি অমসুং শেল

চংথোকখিবনা Cash a/c না credit তৌগনি।

(ঘ) তলব লুপা ১০০, পিখিবা

মসিদা cash a/c অমসুং salaries a/c গী বাফম লাক্লে। cash চংথোকখিবনি অদুগা Salaries a/c অসি Nominal a/c ওইবনা নিয়মগী মতুং ইন্না salaries a/c না debit থমগনি। মরম অদুনা "salaries a/c debtor to cash a/c" Rs. 100.00 ওইগনি।

(ঙ) কমিশন লুপা ২০, শেল ওইনা ফংবা

মফম অসিদা শেল চংলক্লে। মসি Nominal a/c নি। আয় লাকপনা credit তৌগনি। মরম অদুনা "cash a/c debtor to Commission a/c"—Rs. 20 ওইগনি।

Narration :— Journal বইদা ট্রানজেকশন ইশিল্লগা মথাদা শন্নবনা ইবা মরোলবু Narration কৌই। মসি য়ারিবা মখৈ তেন্না ইগদবনি। খুদম রাজেন্দ্র একাউন্ট Dr. লুপা ৪৮;

টু (To)—চেংগী একাউন্ট .... .... লু: ৪৮,

(চেং মন ১, য়োনখিবগী মমল লু: ৪৮,)

খুদম

মধুমঙ্গল সিংহনা জুনগী তাং ১০ দগী ফি য়োনবা দুকান অমা হাংলে। মথাগী ট্রানজেকশনশিং মহাক্কী Journal দা ইশিল্লু।

১৯৬৩

জুন তাং ১০, Received cash from Modhumangol Rs. 7500·00

| | | | |
|---|---|---|---|
| " | ১১ | Bought goods from Mani | 1500·00 |
| " | ১৪ | Sold goods for | 1000·00 |
| " | ১৫ | Bought goods for cash | 500·00 |
| " | ১৬ | Paid for furniture bougth | 300·00 |
| " | ১৮ | Received goods from Jadhu | 2000·00 |
| " | ১৯ | Cash received for Commission | 200·00 |
| " | ২০ | Paid rent of office | 300·00 |
| " | ২৫ | Received cash from Komal | 1000·00 |
| " | ৩০ | Paid salaries to clerks | 500.00 |

**Rules of Journalising for**

**Personal account :—** Debit the Receiver and Credit the giver.

**Real account :—** Debit what comes in and credit what goes out.

**Nominal account :—** Debit expenses or Losses credit in comes or gain.

## পাউথুম

### মধুমঙ্গলগী Journal.

| | | L.F. | Dr. | Cr. |
|---|---|---|---|---|
| ১৯৬১ জনু: তাং ১০ | Cash A/c<br>To Madhumangal's capital a/c | | ৭৫০০·০০ | ৭৫০০·০০ |
| ,, ১১. | Good a/c .... Dr.<br>To Mani's a/c | | ১৫০০·০০ | ১৫০০·০০ |
| ,, ১৪. | Cash a/c .... Dr.<br>To goods a/c | | ১০০০·০০ | ১০০০·০০ |
| ,, ১৫. | Goods a/c Dr.<br>To cash a/c | | ৫০০·০০ | ৫০০·০০ |
| ,, ১৬. | Furniture a/c Dr.<br>To cash a/c | | ৩০০·০০ | ৩০০·০০ |
| ,, ১৮. | Goods a/c Dr.<br>To Jadhu's a/c | | ২০০০·০০ | ২০০০·০০ |
| ,, ১৯. | Cash a/c Dr.<br>To commission a/c | | ২০০·০০ | ২০০·০০ |
| ,, ২০ | Rent a/c Dr.<br>To cash a/c | | ৩০০·০০ | ৩০০·০০ |
| ,, ২৫. | Cash a/c Dr.<br>To Komal's a/c | | ১০০০·০০ | ১০০০·০০ |
| ,, ৩০. | Salaries a/c Dr.<br>To cash a/c | | ৫০০·০০ | ৫০০·০০ |

# অনিশুবা পন্দুপ

Books of Accounts মরুওইনা অনি থোক্না খাইদোকই

(ক) Journal (খ) Ledger.

**Journal** is a book of original or prime entry in which all transaction are entered as and when they happen in order of dates after ascertaining the two account covered by each transaction.

**Ledger** is the principal book containing accounts in which entries from the Journal are transferred to the proper side of respective accounts concerned.

লম্লোনবা অমগী হিসাবকী মরম পুম্নমক শুগাইনা মওম অমতদা Journal দগী ফংবা ওনদে। খুদক খুদক্তা থুনমক খংবা য়ানবগীদমক মাম্ন মাম্নবা কাংলুপ পুনশিল্লগা হিসাব বই অমদা ইশিননৈ। হায়রিবা বই অসিবু Ledger কৌই। Ledger হায়বসি হিসাব বই পুম্নমক্কী নিংথৌনি হায়বা য়াই।

**Ledger Account**

Dr. Cr.

| DATE | PARTICULARS | J F | AMOUNT | DATE | PARTICULARS | J F | AMOUNT |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তারিখ | হিরম | | শেল | তারিখ | হিরম | | শেল |
| | | | | | | | |

**Folioing**— ফোলিও (Folio) হায়বসি হিসাব বইগী থুপ্‌চিনবা লমাই খংনৈ। একাউন্ট বইশিং পুমনমক চেগী ময়াইদা থেকচিনলগা শেমই অমসুং ময়াইদা লমাই অনি থোকনা খাইদোকই। লমাই অমমমবু ফোলিও হায়না খংনৈ।

## Cash Book (কেশ বুক)

লল্লোনবা দুকান অমগী কেশ ট্রানজেকশন মখল মখা য়ামই অমসুং অমগী মথংদা অমা তোইনা লাকই। লল্লোনবা চাওবগী মতুংইন্না কেশ ট্রানজেকশনসু চাওরকই। কেশ ট্রানজেকশনদি খুদক খুদক্তা বইদা ইশিনহৌগদবনি। অদুগা মরি লৈনবা হিসাব বইশিংদা ইগদবনি। মসি নত্রবদি অৱানবা অমসুং অশোয়বা য়াম্না লাকই। মহৌশানা কেশ ট্রানজেকশন পুমনমক তোপ তোপনা থমগনি, অমসুং মুমিৎ খুদিংগী অরোইবদা খুত্তা লৈবা শেলগা চানরব্রা য়েংগনি।

**কেশ বুক**— কেশ ট্রানজেকশন পুমনক মথং মনাও নাইনা ইশিনলিবা বইবু কেশ বুক কৌই। অফংবা শেল (cash receipts) অমসুং পিথোকখিবা শেল (cash payments) পুমনক বই অসিদা ইগনি। লল্লোনবা মী খুদিংমক্না কেশ বুক চপ মান্নদবা য়াই।

## Rulings of Cash book

কেশ বুক খুদিংগী লমাই অসি মরুওইনা অনি থোকনা খায়দোকই—ওইথংবা লমাইনা debit side অমসুং য়েৎথংবা লমাইনা credit side হায়না খংনৈ। নাকল অনিমক্তা তারিখ, হিরম, ফোলিও অমসুং শেলগী কা থাইদোকই। Debit side তা হায়বদি ওইথংবা লমাইদা চংলকপা শেল ইশিনগনি অদুগা য়েৎথংবা লমায়দনা চৎথোকখিবা শেল পুম্বা ইগনি। মসমৎ খুদিংগী কেশ বুক লোইশিনলগা খুত্তা লৈবা শেল অদু থুনমক খংবা ঙমই। কেশ বুক নিংথিজনা নোংম নেংমগী নিংথিজনা শুরগা হিসাব চুমনা থমলবদি শেল পাইবা মীনা শেল মাংহনবা হিসাবতা চংদনবনচিংবা লায়না ফাবা ঙমই। কেশ বুক্তা debit balance হায়বদি debit side কা credit side চাংদমনবদা debit side না হেন্দুনা debit balance লৈফম থোকই। মরমদি আয় লৈতনা খরচ তৌবা য়াদবগুম্বনি।

### খুদম

১৯৬৮ এপ্রিল তাং ১ দা শ্রীগোপাল শর্মানা ললোনবা হৌই। মখাগী ট্রানজেকশনশিং মাগী কেশ বুকতা ইশিল্লু।

১৯৬৮

এপ্রিল তাং ১ শ্রীগোপালনা শেল্লেপ ওইনা হুকান্দা হাপচিনবা লু: ১০০০.০০

” ২ কেশ থিত্থনা পোৎ লৈরুবা ৮০০.০০

| | | | |
|---|---|---|---|
| ,, | ৩ | শেল থিরগা য়োনখিবা | ৩০০.০০ |
| ,, | ৪ | রাম সিংহদা শিংখিবা | ২০০.০০ |
| ,, | ৫ | শেল থিরগা য়োনখিবা | ৫০০.০০ |
| ,, | ৬ | লল্লোনবগী খরচ | ১০০.০০ |
| ,, | ৭ | কমিশন ফংবা | ৫০.০০ |
| ,, | ৮ | চৌকি, মেজ, উপু লৈরুবা | ২০০.০০ |

## তোঙান তোঙানবা কেশ বুক্কী মওং

শেল াইবশিংনা শেল লান্না শিজিন্নবা থিংনবা চংলকপা শেল মখৈনা বেঙ্কতা থমজিল্লগা শেল পিথোকপা পুমনমক cheque ওইনা পিবসি অচৌবা তুকান, করবারনচিংবদা তৌনৈ। কেশ বুক মরুওইনা অহুম লৈ।

১। কেশ, বেঙ্ক অমসুং ডিস্কাউন্টগী কা য়াওবা কেশ বুক

২। কেশ অমসুং ডিস্কাউন্ট কাদা য়াওবা কেশ বুক

৩। বেঙ্ক অমসুং ডিস্কাউন্ট কাদা য়াওবা কেশ বুক

## কেশ ট্রানজেকশন Posting তৌবা

কেশ বুক্কী debit কী মাইকৈদা ইরিবা পুম্নমক্কা মরিলৈনবা Ledger Account গী credit তা অদুগা credit side তা লৈবা আইটেমশিং ledger account গী debit তা ইশিনগনি

**Cash discount** কনাগুম্বা অমনা থিন্দনা শেল পিরক-পগীদমক এলাউনস অমা শেল ফংলিবনা পিরিবা অদুবু Cash Discount নি। কেশ বুক্তা discount Column য়াওরবদি

শেল ফংলকপদা discount পিথোকখিবনা debit side তা discount allowed অদু ইশিনগনি অদুগা শেল পিথোকখিবদা থুনমক শেল থিবগীদমক ফংলকপা discount না credit side তা অপুনবা শেলবু অমাংবা ( Loss ) ওইনা লৌবা তাবনা ledger দা উৎলিবা Discount Account দা debit তৌবা তারে। Credit side কী discouut শিং ঐখোয়গী অতোংবা ( gain ) আয় ওইবা মরমনা ledger দা লৈরিবা discount তা credit তৌবা তারে

**Balancing the Cash Cook**

কেশ বুক্কী debit side না credit side তগী মতম পুম্নমক্তা চাওগনি মরমদি লল্লোনবদা অরৈবা শেলদগী অচৎপা শেলনা হেনবা য়াদে। মরম অদুনা মতম খুদিংমক্তা কেশ বুক্ত debit balance লৈগনি।

**Petty Cash**

লল্লোন ইতিক তৌবশিংনা শেল মচা মশু তোয়না খরচ তৌবগী মওং লৈ। নোংমগী চত্তবা য়াদবা খরচ মচা মচাগীদমক শেল খরা তোঙাম্না খাইদোক্কুনা কেশিয়ারগী মখুত্তা থমনৈ। খরচ মচা পুম্নমক ওহাক লৈতনা কেশ বুক্তা ইবসি খুদোং চাদে। মসিগীদমক Petty Cash Book অমা থমনৈ। অককনবা শেল খরা কেশিয়ারগী মখুত্তা থমনৈ। অসিগুম্বা petty cash Book কীদমক কেশিয়ারদা খাইদোক্কুনা থম্বগী মওং অসিবু Impreșt System of Petty cash হায়না খংনৈ।

পাওখুম

Dr কেশবুক Cr

| তারিখ | অফংবা ( Receipt ) | L.F. | শেল | তারিখ | পিথোকপা ( Payment ) | L.F. | শেল |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৬৮ | | | লু: পৈ: | এপ্রিল | | | লু: পৈ: |
| এপ্রিল ১ | টু শ্রীগোপালগী কেপিটেন একাউন্ট (capital a/c) | | ১০০০·০০ | ২ | বই পোৎকী একাউন্ট | | ৮০০·০০ |
| | | | | ” ৪ | ” রাম সিংহ একাউন্ট | | ২০০·০০ |
| ” ৩ | ” পোৎকী একাউন্ট ( goods a/c ) | | ৩০০·০০ | ” ৬ | ” লল্লোনবগী খরচ | | ১০০·০০ |
| | | | | ” ৮ | ” চৌকি, মেজ, উপুগী একাউন্ট | | ২৫০·০০ |
| ” ৫ | ” পোৎকী একাউন্ট | | ৫০০·০০ | | | | |
| ” ৭ | ” কমিশন একাউন্ট | | ৫০·০০ | ” ৮ | খুত্তা লৈবা শেল— | | ৫৯৯·০০ |
| | | | লু: ১৮৫০·০০ | | | | লু: ১৮৫০·০০ |

**Cash Entries**

কেশ বুক্তা ইশিন্নবা Entries মখাগী অসিদগী ওইগনি।

(ক) Cash Memo for cash sales.

(খ) Cash Memo for cash purchase.

(গ) Receipt Book

(ঘ) Receipt for payment made.

**Receipt and payment by cheque**

লল্লোনবশিংগী খুদোংচানবগীদমক বেঙ্কতা Current Account নত্রগা Saving Account তা শেল থমলগা চেকনা শেল পিথোকপা অমসুং চেক ওইনা শেল লৌশিনবগী থবক তোয়না লৌবা ঙাকনি।

(ক) বেঙ্কতা শেল থমজিনবা

(খ) বেঙ্কতগী শেল লৌথোকপা

(গ) পোৎ লৈখিবা মীদগী চেক ওইনা ফংবা

(ঘ) চেক ওইনা শেল পিথোকখিবা হায়রিবা মরি অসি মুন্না খংগদবা ওই।

বেঙ্কতগী শেল থমজিনবদা কেশ বুকী য়েৎথংবা লমায়দা "By Bank Account" হায়না ইশিলগনি।

বেঙ্কতগী কেশ লৌথোকপদা ওইথংবা কেশ বুকী লমায়দা "To Bank Account" হায়না ইগনি। পোৎ লৈখিবা মীশিংগী (Customers) চেক ফংবা মতমদা চেকশিং Bank তা

থাজিনলি। মসিগুম্বা ট্রানজেকশনশিং অসি entries অনি চংই, মদুদি অমনা Customer দগী চেক ফংবা অমগুং অতোপ্পা অমনা Bank তা Collection গী পিশিনখিবা।

ক্যাশ বুক

| Date | Receipts | L.F. | Amount | Date | Payments | L.F. | Amount |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| 19 Jun 10 | To Ram's a/c (cheque received in payment of amount due) | | Rs. p. 600·00 | 19 Jun 10 | By Bank a/c (cheque paid in Bank for collection) | | Rs. p. 600·00 |

চেক ফংবা মতমদা কেশ বুক্কী মাইকৈ অনিদা ইশিনবা মরমনা Cash Balance ( খুত্তা লৈবা শেল ) অহু হেনম্ হেন- গৎলোই অহুগা হনস্ হহ্রোই।

---

# অহুম শুবা পন্দুপ

## Purchase Day Book

লল্লোন ইত্তিক তৌবদা শেল থিরগা ( Cash payment ) লৈবা ভাক্তা য়াদবা মতাং লৈ। পোৎ কয়ামরুম শোত্তুনা লৈরুরগা য়োম্হোক য়োনশিন তৌবনা নমই। Credit Purchase তৌনরগা লল্লোনবা কাংলুপ কয়ামরুম লৈ। পুন্নমক তাসি ইশিন্নবা থল্লিবা হিসাব বইবু Purchase Day Book কৌই। Invoice হেক ফংবগা অচুম অরান মুন্না য়েংলগা বই অসিদা ইশিনলি। মসি Invoice Book হায়নস্ খংনৈ।

Invoice কী মওং মখাদা উৎলি।

Telegrams : "Empo" Telephone—348

**KAMITTERS & CO**

Yours Order. No. 98: Invoice No. 668
Dated 5th June 1960

33. Chittarayan Street, Bombay
15th July 1960

MANIPUR STORE Dr.

Paona Road, Imphal (Manipur).

| Qunty. | Description of goods | Rate | Am ount |
|---|---|---|---|
| | | Rs. p. | |
| I can | 50 lbs. Tea Superior per lb. | 3·00 | 150·00 |
| | Less trade discount | 10% | 150·00<br>15·00 |
| | | | 139·00 |
| | E. & O. E, | | |
| | Kamitters & Co. | | |

## Purchase Day Book কী মওং

Purchase Day Book

| তারিখ | হিরম | Inward Invoice No. | L.F. | লু: পৈশা |
|---|---|---|---|---|
| | | | | |

**Purchase Day Book থম্বগী কান্নবা।**

১। Ledger দা ট্রানজেকশন খুদিংগী পার্টি অনিগী রেকোর্ড থম্বা খুদোং চাই।

২। লল্লোনবা মীনা মতম মতমগী কয়া য়াম্না লৈশিনবা য়েংবদা লাইনা থংই।

৩। মরক মরক্তা Purchase Journal অদু মফম চাবা হিসাব বইদা posting তৌবা য়াই।



**Purchase Returns**

Credit তা লৈরুবা পোৎসু Supplier দা হনবা য়াওই। মহুবু Returns outward হায়না খংনৈ। লৈরুরবা পোৎ হনখিবদা Purchase Account দা debit তৌখিবা অদু মশিং হন্থগদবনি। মহুসু double entry গী নিয়মদা হিসাব চুন্না থম্বা ভাই।




**Sales Book**

Sales Day Book হায়বা হিসাব বই অমদা Credit sales পুন্নমক ইশিনগনি। শেল থিরগা লৈখিবা পোৎকী হিসাব Daily cash book অমদা তোঙান্না থমলগা cash book তা ইশিনগনি। মসি credit sales গা পুনশিন্নদে। মসিসু purchase day book কা মওং মান্নৈ।




পোৎ credit তা য়োনখিবস্থ customer দগী হল্লকপা য়াওই। মস্থুগী দমক Returns Inward হায়বা বই অমা থমনৈ।




**Debit Note**

শেল থিদনা (credit) পোৎ লৈরুবা অছু মপুদা অমুক হনবা তারব্রুবদি debit note অমা কারবোন থারগা কোপি অনি ইথোক্লগা পোৎ হঞ্জিনখিবা মীদা থাগনি।

**Credit Note.**

শেল থিদনা, শোত্তুনা ( credit ) লৈকবা পোৎ হনবগুন্না মমল থিনদনা পোৎ য়োনখিবা ( credit sales ) পোৎসু য়োল্লিবা মীদা হল্লকপা য়াওই। মহুগুম্বা ইশিনবা বই অতুবু sales Returns book কৌই। Credit note হায়বা অমা পোৎ হল্লকপদা ইরগা থাবক্কনি।

---

# মরিশুবা পন্দুপ

**Balancing.**

**Ledger একাউণ্টগী Balancing করম্না পুথোক্কনি।**

নিয়ম খব :—

১। একাউণ্টকী মাইকৈ অনিমক তিনশিল্লু।

২। চে অতোপ্পা অমদা মাইকৈ অনিগী খেন্নবা য়েংউ।

৩। অরাৎপা মাইকৈদা খেন্নবহু তিনশিল্লু।

৪। অনিমক অমুক তিনশিল্লু।

৫। অতুগা মখাদা লৈয়ি অনি চিংউ।

**Cash Account.**

কেশ একাউণ্টগী Dr থাবা ওইগী মাইকৈনা Cr থাবা য়েংথংবা শেলদগী হেন্না লুমফম থোকই। মাইকৈ অনি মান্নহনগে

হায়রবদি অয়াংবা মাইকৈ হায়বদি credit side তা অনিগী খেন্নবা মশিং অদু হাপচিনগনি ; অদুগা কেশ বুক লোইশিনগনি। অনিগী, খেন্নবা শেল অদু খুত্তা লৈবা শেল ওইগনি।

অফংবা শেলদগী খরচ তৌবনা হেনবা য়াদবনা কেশ একাউন্ত খুদিংমক্তা credit balance ওইবা য়াদে। মতম পুম্নমক্তা debit balance ওইবা নত্রগা চপ মান্নবা ওইবা য়াই।

খুদম :—

**Cash Account**

Dr. Cr.

| DATE তারিখ | PARTICULARS হিরম | J.F. | AMOUNT শেল | DATE তারিখ | PARTICULARS হিরম | J.F. | AMOUNT শেল |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | | | |

**Goods Account**

Book keeping দা "Goods" হায়বসি লমোনবা অমনা য়োন্থোক-য়োনশিন তৌদুনা শেন্দোং তাল্লিবা পোৎপু খংনৈ। খুদম ওইনা চেং য়োনবা অমদা চেংগী "Goods A/c" হায়গনি। উপু, কাংথোল য়োনবা অমগীদি উপুনচিংবদু goods হায়না লৌই। অদুগা দুকানগী পোৎচৈ হাপ্পবা লৈরবদি Fixed Assets

হায়না খংনগনি। Goods Account থম্বগী মরুওইবা কান্নবদি মতম অমদা লল্লোনবগী তোংলিবা নত্রগা মাংবগী হিসাব তৌবদা কোমনা থোকই। Goods a/c বু close তৌগে হায়রবদি stock-in-hand বু credit কী মাইকৈদা হাপচিনগনি। মাইকৈ অনিমক তিন্নশিনলগা করম্না হেনবগে য়েংগনি। Credit side না হেল্লগা অতোংবনি অদুগা debit side না হেল্লগা অনাবনি। ( Goods a/c লমায় ২৬ তা য়েংবিয়ু )।

## খুত্তা লৈবা stock শৌথৎপা অগম্লুং মমল লেপ্পা

খুত্তা লৈবা শেল পুথোকপগুম্না stock in hand পুথোকপাদি অপুনবা য়োনবদগী অপুনবা লৈরুবা অদু খাইদাকলগা ওইবা য়াদে। মরমদি লল্লোনবা মীনা লৈরুবা মমলদা শেন্দোং হংলগা পোৎ য়োনবনি। খুদম ওইনা শ্যাম শোক ১৯৬৭ মে তাং ১০ দা চেংপাক মন ৫০ খক মনদা লুপা ৬০গী হিংদা লৈরুই। অদুগা মেগী তাং ২০ দা চেংপাক মন ২০ দি লুপা ৬৫ গী মমলদা য়োনখ্রে। তাং ২৫ দা অমুক চেংপাক মন ১০ অমসু মনদা লুপা ৭০ গী হিংদা য়োম্বোকখি। শ্যামগী চেংপাক্কী হিসাব লমায় ২৭ কী অসিগুম্না উৎকনি।

## য়োম্বোক্তবা পোৎকী মমল লেপ্পা

য়োন্দবা পোৎ লৈহৌবগী মমল লেপকে হায়রবদি লৈরুবা মমল ( cost price ) নত্রগা মতম অদুগী কৈথেলদা য়োনবা দর (Market rate) অনিগী মরক্তা অতাবা (হন্থবা) মমলদা লেপকনি।

## Goods Account

Dr. Cr.

| Date | Purchase | L.F. | Amount | Date | Sale | L.F. | Amount |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| 1960 | | | Rs. p. | 1960 | | | |
| Dec. 1. | To cash | | 500·00 | Dec. 7 | By cash | | 750·00 |
| " 15 | " cash | | 100·00 | " 20 | " cash | | 200·00 |
| " 28 | " B.N. Singh | | 400·00 | " 25 | " cash | | 400·00 |
| " 29 | " cash | | 20·00 | " 31 | " cash | | 100·00 |
| " 31 | " gross profit transfer to P & L. a/c | | 455·00 | " 31 | " value of stock in hand. | | 700·00 |
| | | | 1475·00 | | | | 1475·00 |

## চেংপাক হিসাব

Dr | Cr

| তারিখ | হিরম | | শেলশিং | তারিখ | হিরম | | শেলশিং |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৬৭ মে, তাং ১০ | To cash ( মন ৫০ গী ময়মৌ মনদা লুঃ ৬০ ) | | ৩০০০ | ১৯৬৭ মে তাং ২০ | By Mani Singh (মন ২০ য়োনখিবা মন ১ দা লুঃ ৬৫৲ ) | | ১৩০০৲ |
| | " gross profit. | | ২০০৲ | ,, তাং ২৫ | By L. K. Singh মন ১০ গী ময়মল ) | | ৭০০৲ |
| | | | লুপা ৩১০০ | | | | ২০০০ |
| | | | | | " Value of 20 mds Rs. 60/- | | ১২০০ |
| | | | | | | | লুঃ ৩২০০ |



**Stock Book**

লল্লোনবা চাওখৎহনগে হায়রবদি Stock Book তা লৈরুবা পোৎনা ওইথংবা মাইকৈদা ইগদবনি অদুগা য়োম্লোক খিবা পুম্ন-মকনা য়েংথংবা মাইকৈদা ইগনি। মাইকৈ অনিগী খেৎনবনা খুত্তা লৈবা পোৎকী চাং খংনগনি। লল্লোনবগী পোৎতা খেৎনবগুম্ব Stock Book কী মওংসু থবক থবক্কী খুদোং চানবা শেমহুনা থমনৈ।

---

# মঙাশুবা পন্দুপ

**Trial Balance**

Trial balance হায়বসি Ledger Accounts দগী লৌথোকপা debit balance অমসুং credit balance গী statement অমনি। হিসাব বই পুম্নমক্তা শুজিনলিবা পুম্নমক্কী অঙ্ক চুমনা শুৰিব্রা য়েংনবগী অরায়বা উপায়নি। মসি Ledger Account গা Final account গা লংদায়নি হায়বা য়াই।

**Trial balance শাবনা মথাগী কান্নবা ফংই :—**

১। ট্রানজেকশন খুদিংমক্কী debit অমসুং credit balance চুম্না ইশিল্লে খংবা ঙমই।

২। হিসাব বইশিং অঙ্ক চুম্না ইরে খংই।

**Trial Balance শাবগী নিয়ম খরা ঃ—**

১। ট্রায়েল বেলেন্সদি Journal গী মওংদা চেদিং অমদা রুল চিংলগা শাগনি।

২। Ledger Account গী মাইকৈ অনিমক তিনশিল্লগা debit অমসুং credit balance অনিমক ইগনি।

৩। ট্রায়েল বেলেন্সগী debit অমসুং credit পুন্নমক তিনশিনগনি।

ঐথোইনা খংলে মহুদি debit balance পুন্নমকনা debit কী কাদা অদুগা credit balance পুন্নমকপু credit কী কাদা ইগনি। Ledger Account গী বেলেন্সতা Assets, অমাংবা অমসুং খরচনা debit balance ওইবনা মসি debit column দা ইফম থোকলে। Liability পুন্নমক আয় নত্রগা তোংবনা credit balance ওইবনা credit কী কাদা ইশিনশনি ( the total debits must agree with the total credits)

**Gross Trial Balance**

| Name of account | L.F. | Dr. | Cr. |
|---|---|---|---|
| Goods Accounts | 1 | 4000 | 4400 |
| Biren's Account | 2 | 400 | 1200 |
| Cash Account | 3 | 2000 | 1000 |
| Madhu's Account | 4 | 1700 | 1500 |
| Nimai's Capital A/c | 5 | | 500 |
| Salaries A/c | 6 | 800 | |
| Commission A/c | 7 | | 800 |
| | Rs. | 8900 | 8900 |

একাউন্টশিংগী **Dr** অমসুং **Cr** গী অপুনবা লৌথোক্লগা **Trial balance শাবগী মহুত্তা** মখোই অনিগী খেন্নবা ( **diffe-rence** ) অদুতা লৌবগা শাবা Trial balance বু Net Trial **balance** হায়না খংনৈ। Gross Tiial Bala ce অসি কয়া শানদে।

**Net Trial Balance**

| Accounts | L F. | Dr. | Cr. |
|---|---|---|---|
| Good Acount | 1 | 1000 | 400 |
| Biren's A/c | | | 800 |
| Cash Account | | 200 | |
| Nimai's capita | | | 500 |
| Salaries A/c | | 800 | |
| Commission A/c | | | 300 |
| | Rs | 2000 | 2000 |

**পুদম**—মথাদা ইরিবা বেলেন্সশিংদগী ট্রায়েল বেলেন্স অমা শেম্ম।

| | |
|---|---|
| তলব | রু: ৫৮০ |
| ইনস্যুরেন্স | ২৫০. |
| বেঙ্ক ওভর ড্রাফট | ৯৭০. |
| পোৎ হোনজিনবগী খরচ | ২২০. |
| খুত্তা লৈবা শেল | ৪৮. |
| রামদা পুথোকপা শেল | ৩২০. |
| পোৎচৈ য়োন্নবগী লৈরুবা | ৮৪১৭. |
| দুকান ভারা ফংলুকপা | ৩১৫. |
| ডিস্কাউন্ট পিথোকাখবা | ২১০. |

| | |
|---|---|
| Bills payable ( বীল পিখিগদবা ) | লু: ৩৯০. |
| Sundry Debtors | ২৯৫০. |
| চহি হৌবদা লৈবা ষ্টোক | ৩৮০০. |
| Sundry creditors | ৭৪০ |
| লল্লোনবগী খরচ ( Trade expense ) | ৪৯০. |
| শেল্লেপ ( Capital ) | ৫৮৯০. |
| য়োনখিবা পোৎ হল্লকপা | ৪৭০. |
| খুৎশু খুৎলাই | ১২০০. |
| থবক শুবগী মমল : wages ) | ৪৫০০. |
| পোৎশিং ( Sales ) | ১৪৭২০. |
| পোৎ লৈরুবা হনখিবা | ৩৯০. |

পাউথুম

| হিরম | Debit | Credit |
|---|---|---|
| | লু: পৈশা | |
| তলব | ৫৪০·০০ | |
| ইনস্যুরেন্স | ২৫০ ০০ | |
| বেঙ্ক ওভর- ড্রাফট | | ৯৭০·০০ |
| কুলি ভারা | ২২০·০০ | |
| খুত্তা লৈবা শেল | ৪৮·০০ | |
| ৱামদা পুথোকপা শেল | ৩২০·০০ | |
| পোৎ চৈ লৈরুবা | ৮৪১৭·০০ | |
| দুকান ভারা ফংলকপা | | ৩১৫·০০ |

| হিরম | Debit | Credit |
|---|---|---|
| ডিস্কাউন্ট | ২১০'০০ | |
| বীল পিথোকখিগদবা | | ৩৯০'০০ |
| Sundry Debtor | ২৯৫০'০০০ | |
| চহি হৌবদা লৈবা ষ্টোক | ৩৮০.০০ | |
| Sundry creditor | | ৭৪০'০০ |
| লম্লোনবগী খরচ | ৪৯০'০০ | |
| শেল্লেপ | | ৫৮৯০'০০ |
| পোৎ হোনজিল্লকপগী খরচ | ৪৭০'০০ | |
| খুৎশু খুৎলাই | ১২০০'০০ | |
| থবক শুবগী পিখিবা | ৪৫০০'০০ | |
| পোৎশিং (Sales) | | ১৪,৭২০'০০ |
| পোৎ লৈরুবা হনখিবা | | ৩৯০'০০ |
| লু: | ২৩৪১৫'০০ | ২৩,৫১৫'০০ |

**মথক্তা উৎলিবা ট্রায়েল বেলেন্সকী শন্দোকপা মরু'ল :-**

১। তলব — খরচ ওইবনা debit balance

২। ইনস্যুরেন্স — খরচ ওইবনা debit balance

৩। খুত্তা লৈবা শেল — asset নি

৪। Bank over draft — Liability নি

৫। রামদগী পুবা শেল — আয়নি—credit.

৬। পোৎচৈ য়োন্নবা লৈরুবা — Debit balance নি

৭। ভারা ফংলকপা — আয়নি—credit

| | | |
|---|---|---|
| ৮। | Discount | খরচনি—debit |
| ৯। | বীল পিথোক্কদবা | Liability নি |
| ১০। | Sundry Debtor | Asset. নি |
| ১১। | Opening stock | Asset. নি |
| ১২। | লল্লোনবগা খরচ | খরচনি—debit |
| ১৩। | Sundry creditor | Liability |
| ১৪। | শেল্লেপ | Liability নি |
| ১৫। | পোৎ হোনজিনবগী খরচ | খরচনি |
| ১৬। | থবক শুবগী মমল | খরচনি |
| ১৭। | পোৎ লৈরুবা | credit নি |
| ১৮। | পোৎ লৈরুরগা হনখিবা | লৈরুরবা পোত্তগী থাইদোক্কনি। |

Assets পুম্নমক্না Debit কী মাইকৈদা অহুগা Liability না credit গী মাইকৈদা চংগনি।

## Trading Account

লল্লোনবা অমগী Profit & Loss Account অসি শরুক অনি থোক্না থাইদোকই। অহানবা শরুক্না Trading Account কৌই। অনিশুবা শরুক্না Profit & Loss Account হায়না খংনৈ। Trading Account হায়বসি gross profit নত্রগা gross Loss পুথোকনবা শাবা একাউন্ট অমনি। Trading Account দা য়োম্নবা লৈরুবা পোৎকী মমল (purchase) অমসুং পোৎশিং (sales), Direct expenses. মসিনচিংবা চংই। মসিদগী ফংবা gross profit নত্রগা gross

Loss অদু profit & loss Account দা transfer তৌগনি অদুদগী Net profit নত্ত্রগা Net Loss পুথোক্নি।

Trading Account of Shri Arvindu Singh for the year ending...31st March 1968.

| | Rs. | | Rs. |
|---|---|---|---|
| To stock ... | 1000 | By sales. 10500 | |
| ,, purchase 9000 | | " Less Return | |
| Less Returns | | Inward 1800 | 8700 |
| 7000 | 8300 | " closing ... | |
| out ward... | | stock .... | 3000 |
| ,, wages .... | 1000 | | |
| ,, gross profit transferred to P. & L. a/c | 1400 | | |
| Rs. | 11700 | | 11700 |

**Net Purchase অমসুং Net Sales**

Purchase Returns ( outwards ) অসি Trading Account কী credit মাইকৈদা উৎপগী মহুত্তা purchase দগী খাইদোকলগা Debit side তা উৎপা য়াই। মসিনা লায়বা হেন্নী।

মসিগুম্না য়োম্হোকখিবা পোৎ অমুক হনজিল্লকপা য়াওরবদি Sales দগী খাইদোকলগা credit কী মাইকৈদা উৎপা য়াই।

**Direct expenses (Trading A/c দা উৎকনি)**

(I) Wages.

(II) Carriage Inward.

(III) Freight Charges.

**Other expenses (P. & L. a/c দা উৎকনি)**

(I) Selling expenses such as salaries, allowance commisssion, advertising. catalogues, rent of go-downs etc.

(II) Distribution expenses such as carriage outward, Freight, Motor lorry carrier's charges, packing materials & packe's wages.

(III) Advertising expenses such as salaries of Manager & office staff, office expenses, office rent. etc.

**Trading একাউণ্টগী খুদোংচাবা**

১। লল্লোনবদা পোৎ লৈরুরগা য়োম্হোকখিবগী চাওরাকপা gross result উৎলি।

২। লল্লোনলকপগী মথং মথং চহিগী লৈবা য়োনবা অমসুং stock কী চাংদমনবা ওম্বনা, করম্বা মকমদা শোইরবগে হায়বা খংবা ওমই।

৩। চাওরাকপা তোংবা, মাংবা খংবা ওমই।

## Profit and Loss Account

Trading Account হেক শাহনা gross profit নত্রগা gross loss পুথোকপগা profit & loss Account শাই। মসি থাঙ্গৎশেংনমক Trading Acccount দগী শমথবনি। করিগুম্বা মতম অমগী মনুংদা লম্নোনবগী চপ চাবা তোংবা নত্রগা মাংবগী ফল খংবা ঙমনবগী শাবা হিসাবপু profit & loss Account হায়না খংনৈ। মসিনা Net profit নত্রগা Net Loss তাক্কনি। একাউন্ট অসিগী credit কী মাইকৈদা gross profit থমগনি। আয় পুমনমক credit মাইকৈদা ইগনি। অতুগা খরচ নত্রগা মাংবা পুমনমক debit মাইকৈদা ইগনি। অনি চাং-ঙমনরগা মাংবা, তোংবগী রাফম খংগনি। লম্নোনবগী Indirect expense পুমনমক মসিদা চংগনি। capital income নত্রগা capital expense মখৈদি মসিদা চংলোই। মতুদি Balance sheet শাবদা উংকনি।

### খুদম

মথাগী অসিদগী profit & loss Account অমা শাও

| | |
|---|---|
| Gross profit from Trading a/c | লুপা ১৩০০০. |
| খরচশিং | ৪০৫ |
| থবক তৌবশিংগী তলব | ৪৬০০. |
| চেনচিংবা লৈবগী মমল | ১৮৮ |
| Rate & Taxes | ২২০. |
| য়ুম ভারা | ২০০০ |

কমিশন ৭০০

শেন্দোই ১০১৪

**Profit & Loss Account**

of ... for the year ending ..

| To | লু: | By (বাই) | লুপা |
|---|---|---|---|
| খরচ | ৪০৫ | Trading a/c (gross profit) | ১৩০০০ |
| " তলব ৪৫০০ | | | |
| হ'ন্নন। পিখিবা ২৫০ | | | |
| | ৪২৫০ | " কমিশন লু: ৭০০ | |
| " চেনচিংবগী | ১৮৮ | হান্ননা লৌশিল্লবা ৫০ | ৬৫০ |
| " Rate & Taxes | ২২০ | " শেন্দোই লু: ১০১৩ | |
| " ভারা লু: ২০০০ | | "পিগদবা বাংলিবা ৪৫ | ১'৫৮ |
| " পিগদবা ৪০০ | ২৪০০ | | |
| " Depreciation | ১০৫ | | |
| Bad Debts | ১২৫ | | |
| " শেন্দোই | ২৫০ | | |
| " Net profit | ৬৭৬৫ | | |
| | ১৪৭০৮ | | ১৪,৭০৮ |

মখাগী adjustments শিং অসি ভৌগদবনি।

(ক) Trade expenses লু: ১০০, অমসুং ভারাগী লু: ৪০০, পিগদবা বাংলি।

(খ) তলবকী লুপা ২৫০, হান্না পিখিবা।

(গ) শেন্দোই লাক্কদবা পিরকত্রিবা লু: ৪৫্

(ঘ) কমিশন লু: ৫০্ হান্নবা লৌশিনবা,

(ঙ) অফিসকী মেজ, চৌকি অমসুং উপুনচিংবা লু: ১০৫০্ গী চামদা ২০ গী হিংদা Depreciation তৌগনি।

(চ) Bad Debts কী লু: ১২৫্ খক write off তৌথোকউ

(ছ) গোপাল শর্ম্মগী শেল্লেপ লু: ৫০০০ গী চামদা ৫ গী হিংদা শেন্দোই কাগনি।

## Balance Sheet

**Balance sheet কদাইবু কৌই।**

A balance sheet is a statement of Assets & Liabilities of a merchant prepared with a view to ascertain the financial position of his business as it exists on any particular date.

লল্লোনবা অমগী চহিগী লোইরকপদা ইকোন কোম্না শাবা হিসাবকী মওংবু Final Account হায়না খংনৈ। Balance sheet হায়বসি Final Account শারকপগী ইরোই লোইবা মওংনি। থাক্লৈশেংবমক Balance sheet হায়বসি লল্লোনবা অমা করম তৌরিবা হায়বা কিভম শেংনা উৎপা statement অমনি।

Trial balance শারবা মতুংদা Balance sheet শাগনি। Assets অমসুং Liability মখল মখল থোকনা বেলেন্স

সিটতা চংগনি। য়েংথংবা মাইকৈদা Assets অমসুং ওইথংবদা Liabilities উৎকনি।

Assets হায়বসি চাওরাকনা মখল অনি থোকনা খাই-দোকই। (১) Fixed Assets (২) Floating Assets.

Fixed assets হায়বদি লল্লোনবদা মতম কুইনা লেংদনা শিজিন্নবগী লৈবা assets পু থংনৈ। মতুদি লম, য়ুম-কৈ, উপু-রাপু, খুৎশু-খুৎলাইশিং অসিনচিংবা। মখোই অসিদি য়োম্থোক্নবা লৈরুবা পোৎ নত্তে Fixed Assets কী মমুংদা চহি খুদিংগী মশাগী Value য়াম্না কাহেন্না মাংথবা অতুবু Wasting Assets কৌই।

Floating নত্রগা current Assets—মখোই অসি অমুক য়োম্থোকনবগীদমক লৈরুবা পোৎচৈবু থংনৈ। খুদম:— stock in tiade, sundry Debtors, Bills Receivable, cash at Bank.

Floating assets অসি liquid Assets হায়না থংনবা খরমু লৈ। মখোই অসিদি খুনমক শেল ওম্থোকপা য়াবা জাৎনি। cash in hand, cash at Bank নত্রগা short term losses মখোই অসিনি।

**Valuation of Assets**

মহৌশানা Fixed assets পুম্নমক লৈরুবা মমলদা (cost price) দগী মতিক চাবা depreciation তৌরগা মমল

লেপকদবনি। অদুগা Floating Assets না cost price নত্ত্রগা Market price দগী হন্থবা মমলদা লেপকদবনি।

## Capital and Revenue Expenditure

মতম কুইনা লেংদনা লৈগদবা Assets অমা ফংলিবা চংলিবা খরচপু capital expenditure হায়না খংনৈ। মদুদি লম, ফেক্টরী, মেচিন, উপু, মেজনচিংবনি।

পোৎ অমুক য়োম্থোকখিনবদা চৎলিবা খরচ পুমনমকপু Revenue cxpenditure কৌই। খুদম— Rent, Taxe, wages Repairs.

**Capital অমস্থুং Revenue খাইদোকপগী অরাইবা মওংশিং**

(ক) করিগুম্বা খরচনা মতম কুইনা লৈগদবা নত্ত্রগা লেংদবা লোম্না ওইরবদি capital ওইনা লৌনৈ। অদুগা তোয়না তোয়না চৎপা খরচ নত্ত্রগা মতম খরগীদমক ওইবা মওংগী পোৎচৈগী চৎখিবা খরচ অমস্থুং মদুদগী কান্নবনা চহি অমা গুম্বগীদমক ওইরবদি Revenue ওইনা লৌনৈ।

(খ) Capital items পুমনমকতি লল্লোনলিবা অদুগী assets নত্ত্রগা liability ওইগনি অমস্থুং Balance শিটতা চংগনি।

Revenue items বা আয় নত্ত্রগা খরচ ওইবনা P. & L. a/c দা চংগনি।

থুদম :— মথাদা পিরিবা আইটেমশিংনা Balance sheet শাহনা য়েংশি

| | Dr. | Cr. |
|---|---|---|
| Capital on 1. 1. 1966 | | Rs. 20.000 |
| Motor vans 31. 12. 66 | Rs. 22.000 | |
| Cash at Bank | 7.000 | |
| Profit | | 30.000 |
| Land | 41.000 | |
| Drawings | 15.000 | |
| Loan from Bank | | 40.000 |
| Debtors on 31. 12 66 | 20.000 | |
| Sundry creditors on 31.12.66. | | 33.000 |
| Closing stock on 31. 12 66. | 23 000 | |
| | Rs. 128.000 | 128 000 |

**Balance sheet as at 31 st. Dec. '66**

| Liabilities | Rs. | Assets | Rs. |
|---|---|---|---|
| Loan from Bank 40.00 | | Cash at Bank | 7000 |
| Sundry creditors 38.00 | | Debtors | 20000 |
| | 78.000 | Motor vans | 22000 |
| Capital 20.000 | | Land | 41000 |
| Less Drawing 15.000 | | Closing stock | 23000 |
| 35.000 | | | |
| Add. Net 30.000 | | | |
| Profit | 35.000 | | |
| | Rs. 1,13.000 | Rs. | 1,13·000 |

# তরেংশুবা পন্দুপ

## Consignment Accounts

লল্লোনবদা করিগুম্বা পোৎচৈ শেল থিদুনা লৈবা য়োনবগী থবক নত্তবা অতোপ্পা লল্লোনবা অমদা অককুবা কমিশন পিদুনা পোৎচৈ থাদোক থাজিন তৌনরগা, পোৎ অদু য়োথোক্লগা শেল মপুদা থারকপগী মওংদা চৎথনব লল্লোনবগী মওংবু consignment হায়না খংনৈ। পোৎ থারিবা মীনা অমাং অতোংবগী দাইরি লৌদুনা পোৎ য়োনবগী পথাপনি।

Consignment মখল অনি থোকই। মদুদি consignment outward অমসুং consignment Inward.

ঐখোইগী পোৎ য়োন্থোকপি রকুবা থাদোকখববু consignment outward অদুগা মীওন্দগী ঐখোইনা ফংলগা মীগীদমক য়োনবিবনা consignment Inward কৌই। পোৎ থাদোক্লিবা মীবুনা consignor অদুগা পোৎ অদু য়োথোকনবা ফংলিবা এজেন্টবু consignee কৌই।

## Pro-Forma Invoice

ঐখোইনা পোৎচৈ খরা এজেন্টশিংদা থাবদা Invoice গী মওংদা মরোল শুগাইনা ইবা চে অমা থাগনি মদুবু per-forma Invoice কৌই। মসিদা পোৎকী মমল, চাং অমসুং খরচনচিংবা শেংনা তাকই।

The rates and value mentioned in the pro-forma Invoiced may be the cost price of the goods sent, though they represent the selling price.

**Speciment Pro-Forma Invoice**

| | |
|---|---|
| Branch | Telegram : EMPO |
| 19 Mount Road. | RANI STORES. |
| Madras. | 45 Poonamali Road |
| | Madras. |
| | Dated Ist March 1968 |
| Consigned to : | Seva stores, |
| | Paona Bazar, Imphal, Manipur |
| | By train. |

| | |
|---|---|
| Marks & numbers | Fifty cash, cash Containing one gross, A-1 Quality life |
| S.S. | Time-Rani Fountain pens @ Rs. 450. per doz.... ..Rs.27,000 |
| E. & O. E. | For Ranis stores |
| | Shantilal |
| | Manager |

Consignment দা থাবিবা পোৎ য়োম্ছোকখিবা কাওবদি consignee অসি consignor গী debtor ওইদে। পোৎ

য়োনখিবগা consignee না statement অমা consignor দা থাই মহুবু "Account Sales" কৌই। মসিদা য়োনখিবা পোৎকী মশিং অপুনবা অশিংপা শেল, খরচ অমস্তুং কমিশন ককথৎলগা ভারকপা শেলগী মরোল পুম্নমক শুগাইনা ইডুনা তাকই।

**Specimen Account Sales**

Seva Stores,
Paona Bazar, Imphal
Dated 6th June 1968.

**Re** :—Consignment of 60 dozens **Rani** Fountain pen received for M/S **Rani** stores, Madras for sale on their account in March 1968

Account Sales

| | | |
|---|---|---|
| 43 dozens Fountain pens sold upto 31st May 1968 | | Rs. 25000 |
| Less charges : | | |
| Freight & Insurance | 175. | |
| our commission 10% | 2500 | |
| | | 2675 |
| Net proceeds Rs. | | 22325 |
| Less advance given | | 10000 |
| Balance due remitted as per draft enclosed | | 12325 |

E. & O. E.

Seva Stores

Outward Consignment গা মরি লৈনবা ট্রানজেকশন

১। ঐখোইনা পোৎ consignment দা থাখিবদা :—
Consignment a/c না debit অমসুং goods sent on consignment a/c না credit থমগনি।

২। Consignment থাবদা চংবা খরচকী মরিদা :—
consignment Account না debit অমসুং খরচকী শেলনা credit থমগনি।

৩। Consignee ( পোৎ ফংখিবা মী ) দগী শেল নত্রগা চেক ( cheque ) থাখিবা পোৎকী বোইনা ( advance ) নত্রগা Security ওইনা ফংলকপদা :—
Cash account না debit থনগনি অমসুং consignee গী Personal a/c না credit ওইগনি।

৪। Consignee দগী account sale ফংবদা Consigne's personal account না debit অদুগা consignment account না credit থমগনি।

Inward Consignment গা মরি লৈনবা ট্রানজেকশন

১। Consignment ফংবদা

Consignment হেক ফংবগা pro-forma Invoice য়েংলগা পোৎকী মরম পুম্নমক consignment Inward Book তা ইশিনগনি।

২। Consignment ফংবদা ঐখোইনা তৌরিবা খরচ consignor গী ওইগনি। মরম অদুনা consignor গী personal a/c না debit অদুগা খরচগী শেলনা credit থমগনি।

৩। Consignor দা advance ওইনা শেল থাখিবদা consignor গী personal account না debit অদুগা থাখিবা শেলনা credit থমগনি।

৪। পোৎ খর শেল থিদুনা (cash payment) য়োনবদা cash a/c না debit অমসুং consignor গী personal account না credit থমগনি।

৫। Account Sale হেক থাখিবগা consignor দা ঐখোইগী কমিশন অমসুং খরচ পুন্না debit তৌগনি অদুগা কমিশন নত্রগা খরচকী একাউন্টনা credit থমগনি।

৬। Consignor দা পিখিগদবা শেল থাখিবদা consignor personal a/c না debit অদুগা cash account না credit থমগনি।

**থংগদবা খরা**

পোৎ Consignment দা থাবসি য়োম্থোকপা ওইনা লৌবা য়াদে। Consignee অসি consignor গী debtor ওইদবনা থাখিবা পোৎ অসি consignee গী personal a/c দা credit তৌবা য়াদে। মসি চুমনা পোৎ থাদোক থাজিনগী বাকমনি। মরম অদুনা মথাগী Entry অসি তৌগনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| Consignment outwards a/c Dr<br>To goods sent on consignment a/c<br>(For cost of goods consigned to···) | | | |

মসিগী cost price দা ইগনি

**Consignor's Expenses**

পোৎ consignment দা থাবদা খরচ চংগনি মতু মখাগী অসুম ইশিনগনি।

| | |
|---|---|
| Consignment outward a/c Dr<br>To cash account... ....<br>creditors a/c··· ········<br>(For expenses paid by consignor) | |

**Consignee's expenses**

পোৎ ফংবা মতমদা consignee না খরচ তৌই। মতুদা মখাগী অসুম ইগনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| Consignment out ward a/c Dr.<br>To consignee's a/c ···<br>(For expenses incurred by the consignee as per letter dated ······· | | | |

মসি consignee দগী **Intimation** অমা Consignor-না ফংলবা মতমদা ইগদবনি।

**Advance**

পোৎ য়োনব্রিবৈদা **consignee** না **consignor** দা ad-vance ওইনসু থমই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| Bills Receivable a/c Dr.<br>To consignment a/c<br>(For consignee's acceptance at 3 months received against consignment sent ) | | | |

**Sales by the consignee**

পোৎ অদু consignee না য়োস্তোকখিবদা consignor দা Account sales থাগনি consignor না Account Sales হেক ফংবগা মথাগী entry অসি তৌগনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| Cash Account Dr.<br>To consignee's a/c<br>(For sale of goods according to Account sales sent | | | |

**Commission**

পোৎ লোইনা য়োস্থোকখিবদা consignor গী শিকম থোকপা commission অদু লেপলগা মথাগী entry অসি তৌই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| Consignment out ward a/c··· Dr.<br>To consignee's Account···<br>(For commission at · ····<br>···· % on gross sale) | | | |

মথক্তা consignor গী থমগদবা মরমদা ইত্রে। হৌজিক্তি consignee গী অমুক য়েংলসি।

## Consignee's Books

পোৎ consignment দা লাকপদা consignee না মাগী হিসাব বইদা ইশিনদে মরমদি মহাক purchaser অমসুং ownership of the goods ওইদে। মরম অদুনা খংবা য়াবা records খরশিং থমই। মহাক্কী Ledger দা consignment account হায়দুনা হাংদে। Consignor গী personal account দা transaction পুম্নমক ইগনি।

Consignee না খরচ তৌবদা

| | L.F. | Dr. | Cr |
|---|---|---|---|
| Consignor's A/c ... Dr.<br>To cash A c<br>( For charges etc paid on goods received an consignment ) | | | |

Consignor দা Advance পিখিবদা

| | L.F | Rs. | Rs. |
|---|---|---|---|
| Consignor's a/c Dr<br>To Bills payable a/c<br>( For our acceptance of consignor's draft as advance ) | | | |

পোৎ য়োংখ্রোকখিবদা ( Consignor )

| | L.F. | Rs. | Rs. |
|---|---|---|---|
| Cash Account Dr.<br>To Consignment a/c<br>( For sale of goods of consignor according to Account sales out ) | | | |

Commission

| | LF | Rs | Rs |
|---|---|---|---|
| Consignor's a/c Dr<br>To consignment a/c<br>(For commision of 10 % | | | |

## নিপালশুবা পন্দুপ

**Receipt and payment Account.**

লল্লোন ইতিক তৌবা নত্তবা ওরগেনাইজেশন কয়ামদম হায়বদি ক্লবশিং, লাইব্রেরী, শিক্ষাগী মরুপ, ধর্ম্মগী সভা, লাইরিক-লাইশু ইনবগী সোসাইটি, লৈকাই শেমগৎ শাগৎপগী মরুপ, দান তৌনবগী লিংবা সোসাইটি, অনালায়েংবগী মতেং পাংবা এসোসিয়েশনচিংবগী চহিগী নত্রগা থাগী ওইনা লাকলিবা আয় অমসুং চংখিবা খরচশিংগী হিসাবকী একাউন্ট মেন্নরশিংদা উৎপা দরকার ওই। মসিগুম্বা একাউন্টশিং মথাগী অসিনা উৎপা য়াই।

১। **Receipt and payment Account**

( অফ,বা অমসুং পিথোকপগী একাউন্ট )

২। **Income and Expenditure Account**

( আয় অমসুং খরচকী একাউন্ট )

শেন্দোং তানবা ওরগেনাইজেশনশিংনা মথক্কী একাউন্ট অনি

অসি শাম্নদে, মসিদি ময়ামগী কান্নবা তৌবশিংগী উৎকদবা একাউন্ট মওংনি।

## Receipt Payment Account

শেল কংলকপা অমস্তুং খরচ পিথোকখিবগী শমলপা মওংগী একাউন্টনি। মসি কেশবুক্কগী লৌথোক্লগা শাবনি। অহৌবা নুমিত্তা খুত্তা লৈবা শেলবা একাউন্ট অসি হৌই অমস্তুং মতম অদুগী অরোইবা নুমিত্তা লৈবা শেলবা একাউন্ট লোইশিল্লি।

শেলগী একাউন্ট ওইবনা আয় লাক্কদবা নত্রগা খরচ পিহৌ-খ্রিবগী বা য়াওদে। অফংবা শেল পুম্নমক debit কী মাইকৈদা অদুগা পিথোকখিবনা credit মাইকৈদা ইশিল্লি।

## Income & Expenditure Account

মসি তোংবা তান্দবা ময়ামগী ওইবা থবকী লিংবা ক্লবগুম্ন-শিংনা শাবা Revenue Account নি। আয়শিংবা credit মাইকৈদা ইগনি।

**Receipt & payment A/c** অমসুং **Income & expenditure A/c** খেন্নবা।

| Receipt & payment a/c | Income & expenditur a/c |
| --- | --- |
| ১। মতম অমগী অশন্বা শেলগী ট্রানজেক্সন মওংনি। | ১। শেন্দোং তান্দবা অর গেনাইজেশনগী তোংবা অমসুং মাংবগী অতোপ্পা মমিংগী একাউন্টনি। |
| ২। অফংবা শেলনা debit মাইকৈদা অমসুং খরচনা credit মাইকৈদা ইশিল্লি। | ২। অফংবা শেলনা credit মাইকৈদা অদুগা খরচনা debit মাইকৈদা ইগনি। |
| ৩। হৌখিবগী মতমদগী পুথরকপা শেলনা Opening balance ওই। | ৩। হান্নগী Balance না হৌদে। |
| ৪। Capital অমসুং Revenue আইটেমশিং পুন্না য়াওই। | ৪। Revenue আইটেমশিংদা য়াওই। |
| ৫। একাউন্ট অসিগী মাইকৈ অনিগী খেন্নবনা অরোইবদা খুত্তা লৈবা শেল ওইনা উংলি। | ৫। অনিগী খেন্নবনা খরচগী আয়না হেনবা নত্রগা খরচনা আয়দগী হেনবসু তাকই। |
| ৬। Balance sheet শানদে। | ৬। Balance sheet শাগদবনি। |

থুদম—

The popular Club, Imphal.

Receipts & Payments Account for the year ended 31st March 1968.

Dr. Cr.

| Receipts | Rs. | Payments | Rs. |
|---|---|---|---|
| To Balance in hand. | 200. | By Salaries | 10 |
| | | ,, Repairs | 72 |
| ,, Subscriptions | 600. | ,, Printing & stationery | 50 |
| ,, Hiring of rooms | 150. | ,, Light charges | 48 |
| | | ,, Chowkidar's pay | 240 |
| | | ,, Refreshment | 50 |
| | | ,, Balance c/d | 390 |
| | Rs. 950 | Rs. | 950 |
| To Balance b/d | 390 | | |

# মাপলশুবা পন্দুপ

## Partnership Accounts

করিগুম্বা লল্লোনবা থবদি মী অমদগী হেন্না পুনশিন্নগা থবক চংথবনা খুদোংচাবা হেল্লি। মী অমনা লল্লোনবদা হৈবা অমনা মী থেংনহুনা order নচিন্না লোবদা হৈ শিংবা ময়াম অসি পুন্না থবক ভৌমিন্নবা শেন্দোং হেন্না কংবা ঙমই।

মী অমা অনি পুন্না থবক চৎথরগা মাড়দগী লাকপা শায অমম্ভং অতোংবা শরুক য়ানবা চাংদা য়েন্নবগী মওংবু partnership হায়না খংনৈ। মসিদা য়াওরিবা মাবু partner শেম Banking Business গীদমক তৌবা Partnership গী মী মশিং ১০ দগী হেল্লোইদবনি অদুগা অতোপ্পা মওংগী লল্লোনবগীনা মী ২০ দগী হেনবা য়াদে।

**Definition (Indian Partnership Act. 1932)**

Partnership is the relationship between "persons who have agreed to share profits of a business carried on by all or any of them acting for all."

**Firm :** — মীশিংনা অমগ অমগা য়া ওশিন্দুনা partnership অমা শেম্নবদি মদুবু পুন্না Firm হায়না খংনৈ।

**Partnership অমা শেম্বদা চৎব মঙাক :** —

১ লল্লোনবদা য়াওরিবা মী থুমিনক্কী য়ানবা (agreement) অমা লৈগনি।

২। লল্লোনবা অমা তৌগদবনি।

৩। শেন্দোং লাক্লবগী তৌবা থবক ওইগনি।

৪। থবক অদু মী খরা নত্রগা ময়াম্মক চংদুনা লল্লোনগদবনি।

**Partners মথল য়াম্নই।**

(ক) শেল্লেপস্থ পুথোক্লগা থবকস্থ মাইপুনবা partner মথল অদুবু Active partner কৌই।

(খ) শেলদি পুথোক্লগা থবক নোম্বদি য়াওদবা partner-শিংবু "Sleeping partners" নত্রগা Dorment partners হায়না খংনৈ।

(গ) Partnership firm অমুগী লল্লোনবগী খুদোং চানবগীদমক মখিংদা থাংদোক্লগা শেলদি পুথোক্কবা partner বু Nominal partner হায়না খ নৈ।

**Account**

Partner খুদিংগী একাউন্ট অহুম লৈগনি।

(১) Capital Account, (২) Current Account অমসুং (৩) Drawing Account.

Dr. Capital account Cr.

| | | | |
|---|---|---|---|
| To Bank a/c withdrawal of capital. | Rs. | By Bank a/c capital introduced | Rs. |

Current Account

Dr. Cr.

| | | | |
|---|---|---|---|
| To Interest on Drawings<br>,, P. & L. A/c - share of Loss.<br>,, Bank A/c — ordinary with-drawals | Rs. | By Interest on Capital A/c<br>,, Salaries A/c<br>,, P. & L. A/c — share of profit, | Rs. |

## Drawing Account

| Dr. | | | Cr. |
|---|---|---|---|
| To Bank A/c—<br>,, Bank A/c—<br>,, Bank A/c—<br>—withdrawals in anticipation of profit | Rs. | By current A/c Balance trans ferred............ | Rs. |

## Partnership গী মশিং অমস্তুং Liabilities.

আইনগী মতুংইন্না partnership অমা শেম্বদা মী মশিং ককই। লম্লোন ইতিকীদমক শেম্বা ওইরবদি মেম্বর মশিং ২০ দগী হেল্লোইদবনি। অমুগা Banking গীনা মেম্বর ১০ দগী হেল্লোইদবনি। Partnership দা য়াওরিবা মেম্বরগী Liability অমু unlimited ওইনি, হায়বদি শেল পুথবা ভারবদি মেম্বরনা পৈশা অমগী দায়ই থোকই। Firm অমুগী শেল, মাল-চাংনা মহাজনগী শেল শিংবা কোম্নত্রবদি মেম্বরশিংগী মরনাইগী শেল ফাওবা পুখংনম্নুনা শিংগনি।

## Registration of Firms

গবর্ণমেন্টনা হাপ্পা Registrar of firms দা দরখাস্ত থারগা firm অমা partnership Act কী মথাদা রেজিষ্টার তৌবা য়াই। Registration fee লুপা ৩, চংই। দরখাস্ততা মখাগী হিরমশিং শুগাইনা তাকনি।

(ক) Firms গী মিং
(খ) থবক তৌফমগী মরুওইবা মফম।
(গ) Firm গী থবক তৌবা য়াবা অহোঙ্বা মফমশিং।
(ঘ) Partner খুদিংনা মিং চনবা তারিখ।
(ঙ) Partner শিংগী মিং অমসুং লৈফম।
(চ Firm লিংখৎপদগী চহি কয়া শুরবা।

## Firm গী মিং থোনবদা য়াওবা য়াদবা বাহৈশিং

Crown, Emperor, Empire, Imperial, King, Queen, Royal. গবর্ণমেন্টদগী পার্মিট লৌরগদি মিং শিজিন্নবা য়াই।

**খুদম**

শোক ১৯৬২ জানুয়ারী তাং ১ দা রাম অমসুং শ্যাম অনিনা Partnership অমা লুপা ৫০০০, অমমমনা পুথোক্লুনা ফি লল্লোনবা হৌই।

১। Capital অমসুং firm দগী লৌথোকপগী চামদা চহিদা শেন্দোই লুপা ৫, নি।

২। রামনা থবক পুবগীদমক তলব ওইনা চহিদা লু:৫০০০, ফংগনি।

৩। চহি অসিগী শেন্দোং লুপা ২৫০০০, নি।

৪। চহি অহুগী মমুংদা রামনা লুপা ১০০০, অহুগা শ্যামনা লুপা ৫০০, লৌথোকখি।

রাম অমসুং শ্যামগী Capital Account, Current Account শেম্মু।

## Profit & Loss Appropriation Account

| | | | |
|---|---|---|---|
| To রামগী তলব | ৫০০.০০ | By চহিগী শেন্দোই লু: | ২৫০০.০০ |
| ,, রামগী শেল্লেপগী শেন্দোই | ২৫০.০০ | ,, রামনা firm দগী শেল লৌথোকপগী শেন্দোই | ৫০.০০ |
| ,, শ্যামগী শেল্লেপগী শেন্দোই | ২৫০০.০০ | ,, শ্যামনা firm দগী শেল লৌথোকপগী শেন্দোই | ২৫.০০ |
| | ১০০০.০০ | | |
| ,, Net profit | | | |
| রামগী শরুক | ৭৮৭.৫০ | | |
| শ্যামগী শরুক | ৭৮৭.৫০ | | |
| লু: | ২৫৭৫.০০ | লু: | ২৫৭৫.০০ |

## রামগী Capital Account

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To Balance | 5487·50 | By Bank A/c — capital Introduced | 5000·00 |
| | | ,, Balance | 487·50 |
| | Rs. 5487·50 | | Rs. 5487·50 |

## রামগী Capital account

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To cash – withdrawals | 1000·00 | By Salary | 500·00 |
| „ Interest on Drawing | 50·00 | „ Interest on capital | 250·00 |
| „ Balance transferred to capital a/c | 487·50 | „ P. & L. a/c – share of profit | 787·50 |
| | Rs. 1537.50 | | Rs. 1537·50 |

## শ্যামগী Capital Account

| Dr | | Cr | |
|---|---|---|---|
| To Balance – | 551250 | By Bank A/ | 5000 00 |
| | | „ Balance | 512.50 |
| | Rs. 5512.50 | | Rs 5512.50 |

## শ্যামগী Current Account

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To cash – withdrawals | 500.00 | By Interest on Capital | 250.00 |
| Interest on Drawings | 2500 | „ P. & L. a/c | 787.50 |
| Balance | 512.50 | | |
| | Rs. 103750 | | Rs 103740 |

**শেল্লেপকী শেন্দোই ( Interest on capital )**

আইনগী মতুংইন্নদি Partner না পুশিন্নকপা শেল্লেপকী

শেন্দোই পিনদে। অহুবু য়ানবা মতুংইন্না লল্লোনবদা থাদবিবা Capital গী শেন্দোই ফংনৈ। শেন্দোই অসি firm গী খরচ নত্রগা অমাংবা ওইবনা Interest on capital a/c দা debit তৌগনি। অদুদগী profit and loss account দা অমুক চংগনি। অমরোমদা মাসি partner গী আয় ওইবনা মহাককী Current a/c দা credit তৌগনি।

*N*et profit পুথোকঊত্রিদা partner খুদিংগী পুথোক্লিবা শেয়লপকী শেন্দোই হান্না ফংহৌগনি।

**Partner's Salaries**

ক'বিগুম্বদা থবক কন্না নোম্বা partner না তলব পিবা য়াওই। হায়রিবা তলব অসি partner গী current a/c দা debit তৌগনি অমসুং cash account না credit তৌগনি।

**Partner's Loss**

করিগুম্বা লল্লোনবগীদমক partner না শেল পুশিল্লকলবদি মাহুবু Loan ওইনা লৌনৈ অহুগা শেন্দোই পিনৈ।

**অতোংবা অমসুং অমাংবা ( profit & Loss )**

অতোংবা অমসুং অমাংবসি partner শিংনা য়ানবা চাংদা পুমিন্নগনি। Partnership Act কী মতুংইন্নদি মাখোই পুন্নমক চপ মান্নবা অতোংবা য়েন্নগদবনি। Capital গী ( ratio ) দা য়েন্নে। partner অমনা ময়ামদগী থবক হেন্না পুবগী অতোংবগী চাং খব হেন্না পিনৈ।

পোথাবা নত্রগা শিবা ( Retirement or Death )

Partner অমনা firm দগী পোথারবা নত্রগা মশা শিবা থোকলবদি মাশাফনা নত্রগা মচা মশু লৈহৌরিবনা ফংকম থোকপা শেল নত্রগা firm দা শিংগদবা শেল পুপোক্কদবনি। চপ চাবা শেলশিং খংনবগী দমক মথাগী adjustments শিং তৌগনি।

(ক) Assets অমসুং Liabilities অদু revaluation তৌবা হ্‌মসুং ভারকপা অতোংবা নত্রগা অমাংবসু partner শিংগী একাউন্টদা credit নত্রগা debit তৌগনি।

খ) হৌখিবা চহিগী Balance sheet কী তারিখতগী পোথা- রিবা নত্রগা শিবা মতম ফাওবগী profit or lose কী share অদু পুথোকলগা মহাক মাহাক্কী একাউন্টদা credit নত্রগা debit তৌগনি।

(গ) তলব, শেল্লেপকী শেন্দোই, শেল লৌথোকপগী শেন্দোই নাচংবা ;outstanding ওইনা লৈরমলবাদ তোকপা নত্রগা শিবা মুমিৎ অদুদা adjust তৌগনি।

(ঘ) Good will গী share পাথোক্লগা মাহাক্কী একাউন্ট অদুদা credit তৌগনি।

(ঙ) Current Account লেপথোকলগা Partner গী capital accout দা transfer তৌগনি।

দরকার ওইবা মথক্তা হায়খ্রিবা adjustments পুমনমক তৌদুনা ফংকম থোকপা শেল লেপলবা মতুংদা তোকখ্রবা partner নত্রগা শিখ্রিবা partner মাহাক্কী মচা মশু ( heirs )

নত্রগা executors শিংদা পিগনি। করিগুম্বা শেল অদু খুদক্তা থুনমক পিদবা থোকলবদি মাদু Balance sheet তা ছৈনবগী-দমক Loan Account দা transfer তৌই।

**Goodwill**

Goodwill হায়বসি লস্লোনলিবা অদু Asset অমনি। মাসি Tangible assets হায়বদি, য়ুমকৈ, থুংগু খুংলাইনাচিংবগী মথাক্তা asset অমগী value নি। করিগুম্বদা মাসবু Intangible asset নি। লস্লোনলিবা অদুনা মতম কুইনা থবক চংথরকপদা ফংলকলিবা অদুনা মতম কুইনা থবক চংশবকপদা ফংলকলিবা মিংচং, অরৈবা মীগী popularity নচিংবগী শেল ওইনা লেপ্পা মওংনি। দুকান অদু য়েন্থোকপা তারবদা goodwill গী value য়াওনা পাইগনি। Firm অমদা অনৌবা partner অমা য়াওগে হায়রবদি হান্না লৈরম্লিবা partnerশিংদা goodwill গীদমক শেল পুশিল্লকলগা অতোংবা য়নবগা চাংদা মখোয়দা পিগনি।

**Goodwill arises mainly by**

(1) The personal reputation.

(2) The reputation of good dealt in

(3) The location magerpoly or advantage.

(4) For petent and trade mark protection, etc.

